# ফিজং অমগী মরুমদা

রাজেন খুমুকচম






অহানবা ফোঙবা : ৯ ওগাষ্ট, ২০০৯

ফোঙজবী : সাপম নিঙোল ইন্দিরা
রিন্দা পাব্লিকেসনসিংগীদমক

কিয়ার ওফ : রিন্দা লাইব্রেরি এণ্ড প্রিজার্বেসন ফাওন্দেসন, মণিপুর
শাগোলবন্দ থম্মাম লৈরক, ইম্ফাল রেষ্ট- ৭৯৫০০১

কোপী মশীং : ১৩৫৭

ফম্ফেম থোকপা : অহৈবা

মখুম : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

মমল : ১০০/- মে লাইব্রেরী এডিসন

*লৈনবগী হীরম নংতৌরা অতৈ মরম অমত্তদা লাইরিক অফিগী করিগুম্বা শরুক অমত্তা অইবগী অয়াবা য়াওদনা শীজিন্নবিদনবা নাংশিংজে।*

---

নম্বান - বি. কে. প্রীন্টিং প্রেস, শাগোলবন্দ লম্বী, নীপা লেখেন, এরিয়ন শিয়ের মনাক, ইম্ফাল



**খুমুকচম বুদ্ধি সিংহ**

১/১১/১৯২২—১/১/২০০৯

*তাইবঙ সংসারগী*

*অমম-অঙান*

*অরা-নুংঙাই*

*পুম্নমকপু খঙহনবীরম্বা*

*লৈখিদ্রবা অপোকপগী*

*মফমদা কচ্চবি*

*নচাগী ফিজং অমগী মরুমদা*

*কৌবা লাইবিক অসি*

*লাইরমলেন্দা লৈখ্রবা*

*পাল্লৌনা লৎনবা লৈতনা*

*লৌশিনবীয়ু*

# য়াওরিবশিং


| | |
|---|---|
| ব্রাফম অমতং | ৯ |
| ব্রাহৈ খরদং | ১০ |
| অপাম্বা | ১৫ |
| অদুবু অমরোমদা | ১৬ |
| থাগৎপা | ১৮ |
| মতম | ১৯ |
| মঙলান | ২০ |
| লান | ২১ |
| ব্রাহম্লোক | ২৩ |
| শান্তিগীদমক | ২৪ |
| কাউঙমদবা | ২৫ |
| লোম্লোক্তবী | ২৬ |
| তেংথাবা | ২৭ |
| মপালনা চীংগ্রাও মাগী | ২৮ |
| থব্রায়না পাইথোক্রমদাই | ২৯ |
| থম্মোয়নুংদগী | ৩০ |
| অরেম্বা তাখ্রবা অঙাংবা গুলাপ | ৩১ |
| জুন ১৮ | ৩২ |
| ওগষ্ট থানা লাক্রবদা | ৩৪ |
| ইরাবত তা | ৩৬ |
| চিরোল হেক্তা তৌসিল্লগে | ৩৮ |
| ঙসিসে হয়েংগীদমক | ৩৯ |
| ঙাওদ্রিবদা | ৪০ |
| করিগীনো 'সিবু | ৪১ |
| ঙারি | ৪২ |
| মপোকসিমগী | ৪৩ |
| য়ানবমখৈ | ৪৪ |
| য়োৎশিনগ্রবা মতুংদা | ৪৫ |

মতমদুদা পেল্লনি ৪৬
নঙগী করম্বা গুণনো ৪৭
করিগী শিঙ্গরক্কী পিরাং ৪৮
হয়েংগী য়ুম্বী ৫০
তোর্ব্বান অনী ৫১
লাই হরাওবা লমথোরকপদা ৫২
থম্মোয়গী ব্রাকৎ ৫৩
করিনো ওইরক্কদৌরিবা ৫৪
লমজিংলখো ৫৫
লাই লৈত্রবরা লাইরৈবাকসিবু ৫৭
অথৌবশিংদা ৫৮
কে আর এস দামদা ৬০
নীংথমলক্তা ৬২
লৈনীংদ্রে ৬৪
ফংলবরনে সিবু ৬৫
কনানো নখোয়বু ৬৬
ফিজং অমগী মরুমদা ৬৭
ইরাল অমদি লৈরগদরা ৬৮
খোম্লাং য়েহৌরি ৬৯
খুদোনবীগী শাম্নবুং ৭০
খঙদে ৭১
কৎচরি তর্পন নখোয়দা ৭২
লাংদা থুরবা ৭৫
ঐগী পোফম ৭৬
শ্রী মীনকেতনদা ৭৭
নিশা ৭৯
ব্রাকৎ ৮০
নীংঙম্নক্কবা ৮১
ভালটিব ৮২
লোক্তাক ৮৩

# ৱাফম অমতং

লোইবী চীংদা কাদুনা ফজরবা উরৈ হেকলুবসু ঙমদে। মনাম তারবা শিংজা শিংজন্দুনা পুথরকপসু ঙমদে। লাইজ ইরোম্নুংদা ঈল খোনববু ওইরবসু লোংউপ তানববু ওইরবসু খুৎহুমদুনবু ওইরবসু মহাও লৈরবা চরা নোংখন্নবা চীঙ্গাক অমত্তা তাল্লুবসু ঙমজদে। পুম্নমক নাথৈখ্রগা অঙাং ওইরিঙৈদগী পামজরকপা অইবা অমা ওইবা হায়বদুদা চৎলুবা য়াওরুবা থেংনরকপা উরকপা পুক্লীংদা ফাওরকপা খরদং হেক হেক খোৎচিন ইশিনজে। করিগুম্বদা থব্রায় তানা য়াওজবা সাহিত্যগী মীফমশিংদা খোৎচিঞ্জবা খরদুদগী হেক হেক পাথোকই।

অসুম্না মচোই মচোই তাদুনা লৈরিবা ঐগী শৈরেংশিং অমদি মফম কয়াদা পাথোকখ্রবা পুম্নমকসি অমত্তা ওইনা তাশিন্দুনা থম্লীংলকখি। মরম অদুনা লাইরিক অমা ওইনা নমথোক্রগে খল্লকখি। পান্দমদুদনি প্রেসতা ছাপা নমথোক্নুনা লাইরিক ওন্থোকচরিবা।

ঐগী মচোই মচোই তাদুনা লৈরিবা খুৎইশিংসিবু লাইরিক অমা ওইনবা হোৎনবা মতমদা থব্রায় হকচাং য়াওনা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা প্রেসকী মপু ঐগী ইনাও ও বিজেন, বনাল য়েংশিনবিখিবা ঐগী মরূপ দোনেশ্বর কোন্সম, লাইরিকসিগী মবমদা পাবিরগা ৱাহৈ খরদং ইবিনবা হায়জরুবা মতমদা অচিনবা কযাবু কায়থোকপীদনা য়াম্না থবায় হকচাং য়াওনা থাফম কয়া ইবিরকখিবা ডাঃ শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্ব, লেকচবর খা মণিপুর কোলেজ, ককচিং, গোর্ভনমেন্ট ওফ মণিপুর, ঐগী মরূপপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবগা লোয়ননা তৌবিমল খঙবা ফোঙদোকচরি। টাইপ সেট্টিং তৌখিবা ঐগী ইনাও শ্যামচান্দ, ওফসেট থৌবিখিবা ইনাও সরত অমদি লুখোয়, বাইন্দিং তৌবিখিবী ইচল সুসিল্লা, ইচাগুম্নবী জোনী, সরিতা অমদি তেংবাংবিরকখিবা পুম্নমকপুসু ঐহাক্না তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

রাজেন খুমুকচম

*ইরাই, ১৯/৬/২০০৯*

*শগোলবন্দ, খম্নাম লৈরক, ইম্ফাল*

# ৱাহৈ খরদং

***Post modernism are an eclective eclectic approach, aleatory writing, parody and pastiche: J.A. Cuddon (1928-1996) Literary terms & Literary Theory (1976), Penguin, Landon, reprinted 1999, P, 690.***

মরিপুরী সাহিত্যদা *Revivelist Period (1915-1940)* না তপ্না তপ্না সাহিত্য কলাদগী লাপথোকখ্রবদা ১৯৪০ দগী রোমান্টিসিজম অমদি মোদর্নিজমগা য়ানশিন্নবা শৈরেংগী মশক অমা লাকপগা লোয়ননা মোদর্নিজমগী ঈহৌ অমা শাগৎলকপা হৌরকখি। হায়রিবা সাহিত্যগী ঈহৌ অসিদা হিজম ইরাবত (১৮৯৬-১৯৫১) গী ইমাগী পূজা (ইবা ১৯৪০-১৯৪৩ মার্চ ২০ গী মমাঙ, ফোঙবা ১৯৮৭) রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ (১৯২৫-১৯৮২) গী শাৎনিংবী (ইবা ১৯৪০-৪৬, ফোঙবা ১৯৪৭) লাইশ্রম সমরেন্দ্র (১৯২৫-) কবি রত্ন (১৯৯২) গী ৱা অমত্তা হায়গে তেলঙ্গা (ইবা ১৯৪৬-৬০, ফোঙবা ১ জনুৱারী ১৯৬২) অমদি এলাংবম নীলকান্ত (১৯২৭-২০০০) গী চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি (ইবা ১৯৪২-১৯৭০, ফোঙবা জুলাই, ৭১) নচিংবনা তোঙানবা মণিপুরী শৈরেংগী একাদেমীক অমা শেম্নবা অকনবা থৌইনশিন পিরম্মী। ১৯৬০ গী মতুংদদি মোদর্নিজম অমদি পোষ্ট মোদর্নিজমগী ঈহৌ অমগী লম্বী য়াৎপা অশাওবা অমদি শিংনবা কবি খরা থোরকখি। মখোয়না মোদর্নিজমগী অশেংবা মশক অদুবুদি মণিপুরী শৈরেংদা ময়েক শেংনা ফোটোগ্রাফ ওইনা উৎপা ঙম্নগসু পোষ্ট মোদর্নিজমগী মশক অদুবুদি চাংয়েং ওইনা থম্নম্মী। অসিগুম্নবা ঈহৌ অসিদা লমজিংলম্বা অশাওবা কবিশিংদি শ্রী বিরেন (১৯৪২)কবি রত্ন (২০০৫) নি। মাগী তোল্লবা শাদুগী ৱাখল (ফোঙবা ১৯৭০) পনবা য়াই। মাগী তুংইনবা কবিশিংদি রাজকুমার মধুবীর (১৯৪২-২০০৪) গী কায়রবা মুর্ত্তি উরগা (এপ্রিল, ১৯৭০) থাংজম ইবোপিশক (১৯৪৮-) গী অপাইবা থৱায় (নবেম্বর, ১৯৬৯) অমদি য়ুম্নেম্নম ইবোমচা (১৯৪৯-) গী শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঙ্গেন শাবীগে (ওক্টোবর, ১৯৭৩) নাচিংবা ফোঙলবা মতুংদা ১৯৮০ গী মতুংদা বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম (১৯৫৯-) লনচেনবা মীতৈ (১৯৬১-), শরতচান্দ থিয়াম (১৯৬১-), অরাম্বম ওংবী মেমচৌবী (১৯৫৫-), লাইরেল্লাকপম ইবেমহন (১৯৫৮-) নচিংবনা শৈরেংগী ঈচেল অসিদা পোষ্ট মোদর্নিজমগী ঈহৌ অমা শাগৎনবা লাক্লবগা লোয়ননা ২১ শুবা চহিচাগী অহানবা দিকেদ অসিগী মনুংদা ইজম অসিবু ময়েক শেংনা শৈরেংদা উৎনবা- ফোঙদোক্লবা হোৎনবা অচৌবা থৌদাং য়ারকখি। পোষ্ট মোদর্নিজমগী একাদেমী অসিদা মতম শাংনা মণিপুরী সাহিত্যদা ঈরাক্লদুনা লৈরুরবা অশা অমদি শিংনবগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদা- মরুওইনা মণিপুরী শৈরেং, ৱারী মচা, লমকোয় ৱারী অমদি পুন্সি ৱারীনচিংবদা সাহিত্য কলাগী বিধা অয়াম্বদা খোরজৈ পায়রিবা- ১৯৭৫ মতুংগী কবি রাজেন খুমুকচম (শগোলবন্দ খম্নাম লৈরক, ইম্ফাল: ১৯৫৮-) সু শরুক য়ারক্রি, অচৌবা থৌগৎল অমা লৌদুনা মশক তাক্লবা লাক্লরি।

কবি অসিগী ফোঙখ্রবা সাহিত্যগী লাইরিকশিংদি - ৱাবী মচাদা লোইশিন্দ্রবা ৱাবী (এপ্রিল, ১৯৮৩), মচু মচুগী সংসাৰ (১ সেপ্টেম্বৰ, ২০০৫), খুদোলদুগী চৈনাখোল (৩১ মার্চ, ২০০৭), লমকোয় ৱাবীগী লাইবিক্তনা- কাউ ঙম্লবোইদ্রবা (২০ অগষ্ট, ২০০৬), পুন্সি ৱাবীদনা - মণিপুবগী থৱানমিচাক খবা (৩০ সেপ্টেম্বৰ, ২০০৮) অমদি শৈবেংদনা বি লতাসনা মঞ্জুবি (কবিগী অহানবা খুদোল, ১৯ জুন, ১৯৭৯), হোংলে শক্তম অদুঙৈগী (দিসেম্বৰ, ১৯৮২), লৈবগে কদাযদা (২১ নবেম্বৰ, ২০০৪) অমদি হন্দক্তা নৌনা ফোঙলক্লিবা ফিজং অমগী মকমদা (২০০৯) নচিংবনি।

## ফিজং অমগী মকমদা (২০০৯)ঃ

মণিপুবী শৈবেংদা পোষ্ট মোদর্নিজম চাংযেং তৌবগা লোযননা Neo-poetry গী শৈবেংগী মশক অমা শাগৎলিবা কবি বাজেন খুমুকচমগী শিংথাবা যাববা শৈবেংগা লাইবিক্লি। লাইবিক অসিগী অহৌবদা কবিনা মাগী অপোকপা পন্থৌ খুমুকচম বুদ্ধি সিং হ (১৯২- ২০০৯) গী মফমদা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোযননা কচ্ছদুনা প্রার্থনা তৌজবি। মণিপুবী শৈবেংগী ট্রেদিসনেল পোইটশিং মকওইনা হিজম অঙাংহল (১৮৯২ ১৯৪৩) না খম্ব [illegible] শৈবেং (১৯৬৮) ইবদা অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ (১৯০৮ ১৯৪৪) না কংসবধ (১ [illegible]) হৰদা শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌজবগুম, কবি চাউবা (১৮৯৬ ১৯৫০) না মাগী [illegible] শৈবে যাওবা মহৈবোইশিংগা অমা লাইবিক, ছাত্র মচা (১৯৩১) অমদি [illegible] ([illegible]), [illegible] শিজিন্নবিবা 'জননী জন্মভূমি স্বর্গাদোপি গরীয়সি, [illegible] [illegible] কবি বাজেনস অপোকপা পন্থৌগী মফমদ [illegible] শিংজনা [illegible] [illegible] ওইনা পন পনাগী ঈচেল ও নবু নৈ ইনননা হৈনলকপি

### পোষ্ট মোদর্নিজমদা চাংযেং তৌবিবা শৈবেং খবাং

কবি বাজেন খুমুকচম্মা ২০ [illegible] দগী ২০০৮ [illegible] ওবদা ইখিবা শৈবেং খবদা মন ওইনা [illegible]', 'কবিগী শান্তলক্লা [illegible]', 'কনাগো নখোযবু' অমদি [illegible] বক্ক। মি থোলস [illegible]। 'ফিজং অমগী মকমদা' নচি বা পনবা যাই।

এখোয় মা ওইবনা সমাজনীদমক্তা অফন্ তৌবিবা মাদুব ইকায়খমনে মাগা নতিব [illegible] শি খাদনা এমনগী খুভম ফাওবা শিন্না। লাই ওইখ্রবা বংশপুবোহিত কথা গৌতম বৃদ্ধ, যীশু খৃষ্ট, শ্রীকৃষ্ণ, কবি কয়া ঋষি কয়া অদুবু ঙসিংদি মাগা ফওনবা তৌবিবা মাপোন মীহিংবা ঙম্বা চুবাম্বাবগা শক্তি পাযবা অনৌবা মখলগী অনৌবা থুংলবা মীওইশি অসিদা নোঙ্গবা তাবি, মখোযবু থাগৎতুনা লোযনবা তাবি, মখোযগী যৌজাংদা মখোযগী খোংযা উফুলদা শিবা ঙাইনা হিংবা তাবি। কবিনা হায়নিংলিবদি – 'শিন্মীশিংবু শুন্নিবা মোহোবিদুদা/ নাম্মুংশেন লৌবিবা অঙম্বশিংদুদা/ শিবে খঙলবা ফাওবা পোলোইদ্রিবা মখোযশিংদুদা/ পুন্সিবু মশিং থিবা হৈতবশিংদুদা থাগৎপা তাববা ঙসিগা খুনাইগী মীওইশিংনা ? মসিনি 'থাগৎপা' হাযবা শৈবেংদা মোদর্নিজমদগী নাথৈবক্তুনা পোষ্ট মোদর্নিজমগী মশক অমা লৌবক্লিবসি। অসুম্না কবিগী শৈবেংদা : 'কবিগী শিন্থবক্লী

পিরাংদনা — তনৌরবী অতরগুলাপশিংনা পোমশাৎনরকপদা কেনখি পুমগাং ঙাংনা অদুগা হৈখা মপান্দি ফুগায়না শাৎলকই নিংথম উনখা কিদনা' (লাঃ ৪৮) হায়রিবসিগী নুংগী ব্রাহস্ত্রোক পীনবা লাক্লরি এক্সপ্রেসনিষ্টিক ইমেজরী অমা মশক শাগৎলি। কবিনা পিরাং শিন্নবগী মরম পীরদুনা মখা তানা হংলি - লানবন্দুগী লাইফমদুগী লৈমায়দুদা/ ঈথক্কুগীরা ঈপোমদুতগীরা উনশাদুগীরা ? (লাঃ ৪৮) ব্রাহংতমক মঙাইবা পাউখুমদি ফংদবা, ব্রাহং পাউখুম য়াওরবা ব্রাহৈশিং অসিসু পোষ্ট মোদর্নিজমগী চাংয়েং অমনি। 'কনানো নখোয়বু' হায়বা শৈরেংদনা ইপা ইপুগী মতমগী এটমোসফিয়ার অদুগা হৌজিক্কা খেন্নরকপগী মশক্তু কন্ট্রাষ্ট ওইনা উৎনবা লাক্লে। মমাংঙৈদদি অতিথিশিংবু তরাম্না ওক্তুনা সেবা তৌনরম্মী ঙমজবা খরদং ওইরবসু পিজ পীথক তৌদুনা অতিথিদুনা পেন্নবা হোৎনবম্মী। ঙসিদি মখোয় লাক্কনি অথেংবা অহিংদা য়ুমদা থুংলগনি খনবদা য়ুমবু খুদিংমক্লা মীপাইবা, অকিবা থরক হুনগৎপা পোক্লরক্লে। মখোয়না চৎখ্রবা মতুংদা করি থোক্লগদগে হায়বগী তংদু-লৈতাদবা শান্তি লৈরক্তবা ফিভম অমদা লাক্লে। মতম অমগী মীনুংশিগা লোয়ননা অতিথিগী সেবা, ঙসিনা নমদুনা যানিংদ-য়ানিংদনা অতিথিগী সেবা তৌহল্লকপা মসিগী ফলনা করি ? কবিনা হাযরি অতিথিশিংদুদা কনানা থারকপনো নখোয়বু/শ্বাই শ্বাই লাউবা নখোয়গী খোঞ্জেন্দুনা/তপথহনদ্রে থরাযশিংবু/মিপাইহল্লে মিরেনশিংবু/ঙসিদি নখোয়গী নতৌসিদি/থরক মীহুনসি নোংলৈ মাযোক্লগুম্মী/পিবাংগা লৌখোং তৌগদৌরিবরা ? (লাঃ ৬৬)

'ফিজং অমগী মরুমদা' হায়বা শৈরেংশিদনা কবিনা ঙসিগী মীরোনবু থাক্লনা ঙমলক্তবা উচেক 'মোইনা' ওইনা শিম্বোলিক রিপ্রজেন্ট তৌবা, অশাবা মুর্ত্তি ঙাক্তা ওইনা উরকপা-খমথেংনা শাথিবকপা মশক অমা যেক্লবা লাক্লরি । কবিনা ইরি : শেল পুবনা শেন্দোয় চাবদা/শেন পুবা ফংহনবগীদমক/মীহাৎপনা মীহাৎপদা/হাৎপা ঙম্নগীদমক (লাঃ৬৭) মসিদি অকিবা ফংলবা পুন্সিগী তুংগী ব্রা হাযবা ঙমদ্রবা যমগী দৃত অমনা ইনাক্তা মতম পূম্নমক্তা লোয়নদুনা লাক্লব্রা হায়বগী চিংনহল্লবা অশিবগী মঙ মঙবদা মঙলাক্লহল্লবা তাইবংদা ওইথোকপা য়াবা অঙকপা মখলগী অকিবগী ইমেজরী অমনি অসুম্না 'ফংলবরনে 'সিবু' হায়বা শৈরেংদনা ঙসিগী অথাকপা তম্নলাইশিংনা ফাবিরবা কনাগুম্বা অমবু - 'নরান পুম্বা পুদুনা চেঞ্জখরো/থাদোক্লবনি হায়না হরাওহল্লগা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎতোকপীবা কবিগী ব্রাহৈদা ইরি — নপুন্সিগী অরোইবা ওইনা/লৈগী দোলাই তোংজরুরো/পীরবনি নীংতম্বা (লাঃ ৬৫) মসি অনৌবা মোদর্নিজমদা লৈতবা পোষ্ট মোদর্নিজমগী মশক অমনি চাংয়েং অমনি। 'তোর্ব্বান অনী' দা ঈশ্বরসি ফত্তে হায়না চৈবা 'হয়েংগী য়ুম্বী' দনা ফিভম শোক্লবা পিদৎলবা অঙাংশিংবু তুংগী জাতিগী য়ুম্বীনি হায়না তাক্লবা লাক্লবা, 'থব্রায়না পাইথোক্লমদাইদা' দদি ব্রাহং হংলি। মসি মোদর্নিজমগী ঈহৌ শাগৎপদা নৎত্রগা ফেমিনিজমগী ঈহৌবু নমথনবা লাক্লবগী মম্মীরা ? মসিদি নুপীওইবিশিংনা লেপচগদবা ফিরেপনি।

*নিঙ পোইট্রি নংত্রেগা থৌজিন্নরী কোঙ-কোঙ শাবিরবা থৌদোক রাখোল্লা য়ুম্ফম ওইবা শৈরেং :*

খুংই নংত্রেগা টেক্নিক অসিদি ঙসিগী শৈরেং ইরিবা-ইরিবী পুন্নমক্কী শৈরেং খরদা মমি তাবা ঙাক্তনি। হায়রিবা মফোঙদোক অসিদসু সহিত্যাগী ওইবা কৃয়েটিভ প্রদক্ষন অদুদা থাক য়াংনা লৈবা সহিত্যাগী ওইবা মাঙনদি মরাং কায়না য়াওরি।

কবি রাজেনগী শৈরেং 'জুন ১৮' হায়বা শৈরেং অসিদা ময়েক শেংনা মমি তারি। ২০০১, জুন ১৮দা (ইঙাগী ২৭নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ) মণিপুরগী ঙমখৈ কায়বা য়ারোই হায়বসিগী পান্দমদা মরৈবাক নীংবা অথৌবা-অথৌবী ১৮ না সনাতন ধর্ম্ম ফংখি- লৈগী দোলাই তোংখি। Peace, Unity and Integrity দা পান্দম থমদুনা লিংখৎখিবা- United Committee Manipur (UCM, July 3, 2001) না মণিপুরদা নুংশি চান্নরা হিংমিননবা, জাতি-কাংলুপ থায়দনা লুপ পুন্নমক্কী অপুনবা শক্তম অমা শাগৎনবা লাক্লবসিদা চহি খুদিংগী জুন ১৮ দা ইম্ফালগী (কংলাগী অন্নাং থংবা) কেক্রু পাংতা লৈখিদ্রবশিংগী মফমদা হৈকৎ-লৈকৎ তমদুনা চাউরবা থৌরম পাংথোক্তুনা লাক্লি। অসিগুম্নবা জুন ১৮ অসিনা শান্তিগী লমদম অমা ওইহনবদা লমজিং ওইবসনু হায়বসি ইঙ্গিৎ অমা কবিনা ঙসিগী খুনায়সিদা পীরি - পাউজেল্লী ঃ ঙাইহিরি নঙবুদি তরাম্না ওক্লদুনা/চীংগা তমগা তাইনবা হিদেনসিদা/নঙগী মঙ্গোলগীদমক (লাঃ ৩২)... হে জুন ১৮/ওইহল্লো নঙনা শান্তিগী লমদম (লাঃ৩৩)

কবি রাজেন ঙসি ঐখোয়গী ইরক্তা থৌনা ফনা খুংতা খোরজৈ পায়দুনা সাহিত্য-কলাগী ক্ষেত্রদা লাম্লেংনরিবা লান্মী অমনি। মাগী থম্মোয়দা মখল মথেল শুনা য়াওরবা শৈরেংগী যাদু পুরবা মীত্রংগুম্না থোক্লবা কবিত্ব শক্তি য়াওরি। কবিত্ব তত্ত্ব উবা ফংই। পনবা য়াবা শৈরেং খরদি 'অপাম্বা' দা মীচং মীথায় নায়দনা ঙানগদবা মৈরা, অনম-অহা চুরবা লোইশংশিংবু চায়থোক্লবা গঙ্গাজলগুম্বা ঈশিং খুজোক, সনা কৈথেলদা লৈত-লাইরগীদমক্তা লুকমাই ফন্নীবিশিংনা শ্বর ফুনগৎলকপা মতমদা লন্নাইদা কামথবিদুনা লাকথবিগদবা মী অমতং পাম্মী, হায়বদি অশেংবা নুংশিৎ, হায়না কবিগী অপাম্বা ফোংদোকপা 'মতম'দনা মতম মাগী অরোনবা ফিজংনুংদা তৌরিবা অরোন অথুপক্কী মশক উৎলি। 'শান্তিগীদমক' তনা শক্তি শিজিন্দুনা শান্তি পুরকনি হায়দুনা থৌরাং তৌরিবা শক্তি পায়বশিংগী লোনচৎতু আইরোনিকেল ওইনা ফোঙদোক্লি। 'লোম্লোক্তবী' দনা নুপীগী হিকথরক্লি অমুবা শন্নাংশিংগা চাংদম্নবা নংত্রেগা সিম্বোলিক ফোর্ম ওইনা খঙহননবা, 'মপোকসিমগী' দনা কবিনা মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিদা মীঙোন্দা নপচ-তাংজদুনা হিংবা পান্নক্লে মরোমদোম লেপ্পা পান্নক্লে হায়বগী মিৎয়েং থন্নি।

কবিনা মরৈপাক নীংবা অমদি মরৈবাক্কীদমক্তা অচৌবা থৌদাং লৌবা সহিদশিং বীর টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল জেনরেল অমদি জননেতা ইরাবতকী মফমদা প্রার্থনগা লোয়ননা মখোয়গী মতিক মঙালবু শৈথাবা শৈবেংগা লোয়ননা ১৯৭১ সাহিত্য রত্ন উপাদি ফংখ্রবা কবি শ্রীমীনকেতনবু শৈথাবা শৈরেং পনবা য়াই। কবি রাজেন খুমুকচমগী শৈরেংগী দর্শন নৈনবগী লোযবা নাইবোই মখা তানা নৈননিংঙাই ওইবি। নৈন-নৈরগা কবিগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমলকখিবনি।

ব্রারোইশিন ঃ

কবি রাজেন খুমুকচম ? মণিপুরী সাহিত্যগী ক্ষেত্রদা কখোক্লবা অইবনি মাগী খোবজৈদগী ঐখোযনা মণিপুরী শৈবেংগা অনৌবা মশক অমা উবা ফংলকখিগনি। ঐখোযনা থাজে মাগী শৈবেংদি মপান্থোংদা চম্না উববসু মনুং যৌশিন্না যেংবা মতমদা মণিপুবগী লেহাওদগী শাগৎলকপা মপাল লমগী মমি তাদবা ওবিজিনেলিতি অমগা শাগোংনবা মশাগা আইদেন্টিটি থিবিবা, মণিপুবগী পুন্সিবোলগী অমদি মৈহৌরোলগী কট থিনিবা নেটিভিষ্ট অমনি। মাগা খুৎই মফোঙদোক্তা বোমান্তিক এটমোসফিয়াবদগী লাপ্না চখোক্লগা ঙসি ঙবাংগী সমাজগী মশক্কুমক ফোটো ওইনা মণিপুবগী খুনায়দা উৎপা পাম্বগা মমি তাবি। কবিনা Reality পামজবা Post Mordern World অমদা চংশিনবা হোৎনবকপগী মশক উবা ফংই। নোংমদি শোযদনা কবি বাজেন খুমুকচম মণিপুবগী সাহিত্যকাবশিংনা শকখঙবিবকপগা লোয়ননা শৈবেংগী কলাদা শোযদনা ফমফম অমা পাযবকখিগনি। মখা তানা ইবগী চাযেং তৌবিখো - অনৌবা শৈবেংগী লাইবিক ফোঙবীনবা হোৎনবিবকখো হাযজবি। মঙ্গলাশিৰ্বাদ পীজরি।

ইবাই, ১৯/৬/২০০৯
শিংজমৈ, ইম্ফাল

19.6.09

(ডাঃ শরতচন্দ্র লোঙ্-জোম্বা)
*লেকচরর, খা-মণিপুর কলেজ, ককচিং*
*মণিপুব গর্ভনমেন্ট*

# অপাম্বা

মৈরা অমত্তং চুখৎহন্নীংই ষ্টৈজদা
অহিং-নুংথিল খায়দনা ঙানগদবা
মীচং-মীখায় নায়দনা ঙানগদবা
সেরুম কোনবদা মাদনবা ।

ঈশিং খুজোক অমত্তং পাম্মী
ইকপ্পগা লাইথুং কোকই হায়নরিবা
কৃষ্ণ তুরেলদগীরা গঙ্গাদগীবা
চাইথোক্লবা, উফুল হৌরবা লম্বীশিং
অনম-অহা চুরবা লোয়শংশিং
অচান-মীরাই, অনেম অব্রাং
শহর-খুঙ্গঙ, লাইরা-অনং
চামথোক্লবা মরেক কারবা কুয়োমশিং ।

সনা কৈথেলদা শ্বর ফুনগৎলকপদা
লব্রাইদা কামথবিদুনা লাকথবিনবা
মী অমত্তং পাম্মী
শ্বর নমথিদবা ।

# অদুবু অমরোমদা

নিংথিরবা মচুগী
মমল য়ান্নবা ফিনা
খুৎনাইরবা অমগী খুৎহৎকা লোয়ননা
হকচাংগী তোংশা পৃস্বা
মরোল নাইনা য়োমশিন্দুনা
ঙকশমদা কিশিনা লৈতেং শেন্নিবা
মি তারবা খোংউপ তোংলিবা
হে মী মানবা মুর্ত্তি
নঙবু হেক উবমক্তদা
পুক্লীং খুদিং মথুম-মরাং হৌহল্লীদা ।

অদুবু,
নঙগী চিনবান্না ঙাংথোরকপা খুদিংদি
মরৈ অনী লোঙই, মনীং-মমাং থৎলি
নশাগী ওইজ উকল থাদোকপা খক লৈতে
মদুমক্তদসু নঙগী নতৌদি

অফবতা থোক্লক্কদবা মাল্লি
চানবী হৈবতসু মাল্লি
মীনুংশি খঙবতসু মাল্লি
সংসারসিবু লানবিগদবমকসু মাল্লি।

অমরোমদা,
ইরু-শাদেংবা নৎতনা
কেবা মৌবগা য়েক্লরবা
অমনবা হিগুম খুগ্রাংনা লৈতেংলিবা
শেম্নবিদ্রবা খুনিংনা নিংথমগী উনখাবু

শীংনরদুনা নতুং ইল্লি ।

নঙগী চিনবান্না মচি কাংলকপা খুদিংদি
ঐগী ব্রাখল মীগী থম্মোয়
মঙলৈবাক্তা কোইপু পুরি
ঐগী হায়বা খাক্লমদনা
নঙগী লোইনা ওইখি ।

# থাগৎপা

থাগৎপা তাবরা থিকাদারবু
থাগৎপা তাবরা থিকাদারদা থিকা পীরিববু

থাগৎপা তাবরা
মঞ্জুনরবা ফিজোল শেৎলদুনা
চোকথবা নাইদনা হুমাংগা শান্নমিন্নরিবশিংদুদা

থাগৎপা তাবরা
শিন্মিশিংবু শুন্নিবা মোহোরিদুদা
থাগৎপা তাবরা পূম্নমকসিগী মথক্তা
নাম্মুংশেল লৌরিবা অঙবশিংদুদা

থাগৎপা তাবরা
শিরে খঙলবফাওবা পোৎলোইদ্রিবা
মখোয়শিংদুদা
থাগৎপা তাবরা চিনফেন ফবশিংবুত

থাগৎপা তাবরা
পুন্সিবু মশিং থিবা হৈতবশিংদুদা
থাগৎপা তাবরা মখা-লাওনা কাথোক্তুনা
ব্রাকৎলিবা কোনজেং কোকফাইশিংদুদা
থাগৎপা তাবরা হোই-মাই হায়জদ্রবশিংদুদা

থাগৎপা তাবরা মরীংজেম্না মশিংখা ফুদোক্লিবশিংদুদা
থাগৎপা তাবরা
ঐবু ফৈ হায়রকপশিংদুদা !

# মতম

হে মতম
নওগী মচু শংলবা
ফিজংগী মরুমদা
কনানা থাওলোন ঔরাইরি
কনানা তা খৌশারি মখোংদা থিনদৎচরদুনা
নওদি তৃমিন্না লেপতুনা য়েংলি ।

পম্বুং অমগীদমক
নমিৎ ফাওবা কুপ্পা শংদ্রবা নঙোন্দা
করম্বা ব্রাকৎনো পুরক্তুনা পীগদবা
নওদি নোক্লীংলমগনি শোয়দনা
ফুব্রাওনরবীগী মচা লৈচিল মানা
ওন্নীং ওন্নীংবতা ওন অওনচাবা উবদা
নওদি নোক্লীংলমগনি শোয়দনা ।

# মঙলান

মঙই মঙলান অমা
চদৎনববশিংদুনা
চবা অমগীদমক পুক থননা
মঙই মঙলান অমা
অহিং অমগীদমক যাবেক্লবা
শ্বগী অকা-অকুম শান্নফম
মঙই মঙলান অমা
ইক্কাইখুম্নবা ঙাক্লবা ফিবোল অমখক্কীদমক
মীওইনা পোকলুববগীদমক
খললুবা শংদে সংসাবগী
মঙলান কযানা লাঙ্গোয চঞ্জববসু ।

মঙই মঙলান অমা
ইনাকখুনবা পুক্লোযবশিংনা
চৎলি ব্রাকিং সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা
মশাগী অকম্বা হুম্ত্বক্লবগীদমক
শম্নদে শ্বব চনিং-চমাং
চখেৎপী লাক্কদবা হায়বগীদমক
অবাওবা মমিৎতু কক্লা অমা
উইশিনবা ঙমজদনা
মঙই মঙলান অমা
অহিং মিশেন খাঙনা মোন্দুম মোন্তেথক্কা
মঙই মঙলান অমা
মিপাই থবাইবতনা থল্লবা ।

# লান

লান্দা লানবিখি
কৃষ্ণনা কংশবু
কনবিখি কপ্পবশিংবু
মহিশাশুরবু অশি লৈবাক্তা শুমবীদুনা
মহিশুর লমদম শেম্বীখি
শকখঙ ঙম্লক্রবদা শুগ্রিবগী মচিন-মনাও
লৈগী পরেং থোনবিরদুনা
চিংবীখি লানগী অরোইবা লৈই
ঙকই হায়গনুরা লান নঙগী খুদোল ?
মচিন মনাওশিং মরক্তা
মপা-মপুশিং ওনশিন্নদুনা শেংনখি শদোং
থক্লখি ঈখেং খুজোক-খুজোক
মমিৎ ঈ কানরবশিংনা
ঙকই হায়গনুরা লান নঙগী খুদোল ?
সনাগী কৈরাকপু উৎপুং ওনহলবিখি
হাকন্দা মচা হাৎপী মমা ওইখি
জগৎকী মপু, তোল্লবশিংগী মরূপনি হায়নরিবা
মহাকমক্কী খুদোনবিনা
লানগী শিং য়াংশিনবিখি
জর্মনগী উৎসপতুদা য়েনখিবা
হাওরবা মথেল লুকোইশিংনা
চমজরবী চনুরা কয়াগী ফিজিগী লনবু
লুকমাই থক্তগী চিংথবিদুনা

লুখাক কোমদা নমশিনবিখি
পৎ-পুন্নবা তোংশা অমদি শরূশিংতনা
চীংজাও কয়া শেমখি
তৈনা ওন্না তৈনা ওন্না
অঙকপনি লান নঙগী খুদোল
কোইজোম্বা ঙক অমগীদমক
লাঞ্জদ্রবা ঙক কয়াবু
মালংদা কোয়পাই পাইহনবিখি
মিংলু কয়াগী
পাখোং নঙনা পাথোকহনখি।

## ব্রাহস্তোক

ইপুম থিৎপমথে শুজরবসু
ইখ্বাংসি তেকপমথে নোমজরবসু
ইমুংদি মহি মলাংই
ইথন্ত পৃক্লীং নুংশিজরকই
হুমাং তানা চেঞ্জবা
ব্রাজরুবা পৃম্বা পোলাংদা ঈশিং শোককুম্মী
মসি ওইরমাল্লে লালওইনবা ঐগী ব্রাহস্তোক।

লৈসি-লৈথোন ব্রাহৈশিংগী পরেংতনা
মশরুক ওইখি পরেং পরেং
তাৎহৈবা মাগীদি
ফুরিৎখাওদসু শক্তিনা মকোল শাজিনখি
মোমোন মোমোননদুনা
দোল্লাইনা খোংনেৎশা ওই
হনখি মোংবা মরানয়াই
মহমনুংগী চেক্লাচাশিংদুনসু মোমোন্নরমগনি
পীথোরকপা মরাইবক্কী ওইরমাল্লেদা।

## শান্তিগীদমক

খাক-লাউবা নোংথাংগী মরক্তা
শান্তিগী পাউজেল পুরিবা
হে থৌনা ফরবা
ঙগ্নোই নঙবুদি থাগৎতবা

অদুবুনে মরূপলোই

হিকথরবা শদোংশিং
মপোপ কায়রবা তোংশাশিং
তেক-কায়রবা শরূশিং

মখোয়গী রাকৎতি লৈরোল
চনশিনখিবা তারবরা ।

# কাউঙমদবা

নমদুনদি ঙমহল্লে নঙবু কায়নবা
ঙল্লোই কাউবদি নঙবু
থক্ল-থক্লগা হৃগী য়াউম
ময়াই কারকই হেন্না হেন্না
পঙথরো হায়বদি শুকয়া য়াদে
পুমচাই চাইরুরবসু নীংশিংলকই ।

*(২৫-১২-২০০৮)*
*কছারদা পাথোকখ্রবা*

# লোন্থোক্তবী

নঙ কেগনু কেরগা থীজিল্লী
খোমগৎকনু হিকথরক্লী অমুবা শন্নাংশিংদো
মদুনা থোইনা হেল্লী নঙগী রাশি
হায়য়ু নঙবু কৈদৌঙৈ লোন থোক্কদগে ?

*(২৫-১২-২০০৮)*
*কছারদা পাথোকখ্রবা*

# তেংথাবা

কপ্লী করিগী হীক্লা হীক্লা
খুদাং পিফম নাইনা
তেংথাববু অউনপোৎলা ?

শম্লাং লোইশিন্দনা অঙাওবীগুম
ফিজি ফিনা ইকায় খঙদ্রবীগুম
তেংথারনু তেংথাগনবী ওইনা।

মাংদা লাং লাঞ্জাবশিংগী
তুংদা তেন তেনপায়বশিংগী
চাদ শাবা খারাওবশিংগী

মমা নীংবা অনীগী মরক্তা
করিগী তেংথারি ?

*(ককচিংদা পাথোকখ্রবা)*

# মপালনা চীংথ্রাও মাগী

মপালনা চীংথ্রাও মাগী
চীংয়া তময়া শন্না শাৎলক্লবদা
খোংলখিবা খোইনিংগী খোঞ্জেলশিং
তানিংবা পোকলুদে চৈনা ফংলবশিংদুনা

হে মতম নঙগী মিৎয়্না লকাদা
অমুবা মচুনা করিগীদমক য়েকশিল্লিবা
অঙাংবা মচুনা কবিগীদমক তৈশিল্লিবা
অনীমক্তা নঙগী চিনবান থক-খা।

কপ্না-কপ্না লাউখি শোঞ্জুনরবশিংদুনা
হিক্লা-হিক্লা কপখি থৱায়শিং 'গীদমক
নোক্লা-নোক্লা তাখি লাইওইরবশিংনা
য়েংনা-য়েংনা চৎখি খঙশিন্নদবশিংনা
করিগুম্বা ঙসিসিনা নোংঙাল্লক্লবদি,
নঙদি করি খল্লি ?

# থরায়না পাইথোক্লমদাই

জাংসে নুপা হায়বা নখোয়গী
জাংনি মীনুংশি খঙদবগী
সংসারদুদা নখোয়গী অপেনবা ফংনবা
ইরাল লৈরবীগুম ইরাক্লহনবিখি নখোয়না
ঙসিদি পাইখিগদৌরে থরায়সে
সিবু ইরাললা নুপী ওইক্লবৈ ?

*(রিমস হোস্পিটালদা লোয়গদৌরবী অমা উরুবদা)*

# থম্মোয়নুংদগী

পীবিদ্রে,
থম্মোয়সে পেল্লা নোকচনবগী তাঞ্জা।
ফংহনবিদ্রে,
পুক্নীংসে পেল্লা কপচ-নবগী তাঞ্জাসু ।
ওৎলরি,
মনীং তম্না, থম্মোয় কায়গদৌ ন্নাহল্লরি ।
পুন্সিবু পুন্সিনা পুন্সিগীদমক।

(৪-১২-২০০৬)

# অরেম্বা তাথ্রবা অঙাংবা গুলাপ

ইফমদা থাজ কোতিদগী হেনবীনি খঙখিবী
নঙগী নাপদা পামজনা থেংখিবা
অঙাংবা গুলাপ অদুবু
করিগী নৈথায়বীরি
নঙনা
মীনুংশি খঙম্রবীগুম
লোম্ন্থোক্কবীনি মতাগুম মাবু
চননফম খঙদনা অরেম্বদা করিগী
তিনহলবীখি মাবু অমম্বা ঈরোননুং অমদা ।

অদুম্না থম্মোয় কনবী ওইরক্কনি থাজক্রদবনা
অথাকপা লৈতনা পামজনা নফমদা
থেংচখিবনি অঙাংবা গুলাপ
নঙগী নাপদা
অদুবু
ওইরমলে নঙদি
অহেনবতা পাম্বী নরমচং
পুকচেল লেপ্তবী নুংশিববু মনতিক্লবী ।

## জুন ১৮

লাক্লবরা নঙ
ঙসিসু অমুক হন্না
নীংঙাইবা লৈতনা
নীংশি মপাউ পুন্নদুনা মখোয়শিংদুগী
ঈঙা নোংবু কুমদমদুনা

লাক্লবসু নঙনা
শেৎলক্কনু অঙাংবা ফিজোলদুদি
হোল্লরনু অশাবা নুংশা শ্বরসু
পুরক্লগনু য়োৎখোক তেনখোকসু

ঙাইরি নঙবুদি তরাম্না ওক্লদুনা
চীংগা তমগা তাইনবা হিদেনসিদা
নঙগী মঙ্গোলগীদমক ।

করিগী নিংদোল পোম্বগেনে
নুমিৎ অমগীদমক নীংশিংবা
খুৎতুম্না শুজববু ঈথবাক্তা
ফাওরোই খনবরা চৈনা

ঙায়রি নঙবুদি তরাম্না ওক্লদুনা
চীংগা তমগা তাইনবা হিদেনসিদা
হোংদোক্লো নঙগী ফিজোলদো অঙাংবা
চৈনা কোটি কোটিদগী কনমিন্নসি

হন্দুনা চৎপদি সংসারগী চৎনবীনি
ঙন্নোই থিংবা কনানসু, অদুনা হনবনি
পুন্নোই মতমদুদা সনা-লুপা, লন-থুম
কল্লক পেন্না নখৌ পোঙনা লাউরনু
হে জুন তরানিপাল
ওইহল্লো নঙনা শান্তিগী লমদম।

(১৭-৬-২০০৬)

# ওগষ্ট থানা লাক্লবদা

হে ওগষ্ট থা
লাক্লবরা নঙ ঙসিসু অমুক হন্না
থন্নান থাবু থাগোম্নদুনা
নিংঙাইবা লৈতনা মোং-হাদনা।

নঙগী থানুংসিদি নীংশিংলুরগা
নিংদোল তুচুংলি ঙসিসু
লাক্লবসু নঙনা কুমজা খুদিং
পুবক্লগনু তমথিরবা সুপ্নমদুদি

নঙগী অশাও খাম্বীনুংদা
চিংশিনবিবনু মৈবানবিশিং
ঙম্মী নতৌ উৎপদা
ব্রায়েল পন্দোল লোমদনা

ব্রায়েল হুরান লাংথাক্লুনা
শীজিন্নরনু নঙগী কোঙ্গোয় য়াইওইবদো
কোঙ্গোয়দা লোইরনি খঙখিবরা
কোইরেং হায়না মিংথোনখিবদো

অহল মতম ওইরবা
কন্নাক কুরু শুংলবা
হে লৌশিং চাউবা
ইপু থাঙ্গাল মেজর

তুংলম য়াংবী লমতাক্লবা
থৌই খঙনা উৎনবরা
থৌরি কোঙ্গোয়গী চগোবু
লৈগী পরেংগুম খনখিবা

মোমোন মায়থোংবু উখিনি মতাগুম
অমুবা ফিনা কুপখিবা
কুমজা য়ান্না য়ান্নগা
শেংলক্লে নখোয়গী শক্তমদি ।

## ইরাবত তা

তর্পন পম্থা থানুংদা
মীপুন মীফম খুদিংনা
নঙগী নপাউ তানিংনা
নঙগী চেংলৌ য়েংনিংনা
হাইগৎলকখি হৌনরু লৈত'
পুংদোংবম লমদম লমনুংশি
মীগী ঈচাও থোকহনখি
নঙবু ফানা মতান্নবা
অরেম্বা তাখি মখোয়দো
নঙগী মিৎয়েং অশানবা
নমদুনা মীরোৎ ওইহনখি
অব্রা মাগী লমদমদা
তাংবো লমদম নুংশিবী
অয়ো নাহে য়াতারক্লবদা
নঙবু নতেং পাংঙমখিদে
কাউঙন্নরোই নঙবু কৈদৌনুং
নীংশিংলি ঙসিসু নহাকপু
হে লময়ানবা লুচিংবা
হৌগৎলক্লো তাংবো লমদমদুদগী
নপাম লমদম খাম্বী মৈহৌরে
খাম্বী মৈকল্লরো লাকখোদা
নঙবু মুন্নরে লমদমসিনা
নোংমতসু য়েংলো লাউ
ব্রাহোং শাবা ক্লাকশিংসে

নোংমতসু য়েংলো লাউ
ঙাইরমগে নঙবু হিদেনসিদা ।
অঙাং নব্রা ওইরিঙৈ
চাউবী খুৎমেৎ লোইদ্রিঙৈ
পলেম কায়না মৈশালাং
পঙ্খৌ খাইনা মৈশারক
য়োকচবী শঙ্গায়দা ওংখিবা
পুংকক চাওরবা মতমদা
লিসু হৈনা লিকাপ্পা
তেনকাপ হৈনা তেনসুবা
মুক্না হায়রা ময়াওসিল
কাংজৈ হায়রা মশানবা
তুংগী পোমিৎ উঙম্বা
কোয়না চৎপা লমজিংবা
কল্লকই নঙগী কখোকপা
লৈবাক ঙম্বা অঙম্বগী
মমাক ফমথোন কারবদা
ফমথোন মাবু মিহৌদা
মায়য়োক ব্রাঙাংলোয় ওইখিবা
অয়ো নহেরবশিংগী তেংবাঙলোয়
নুপী খুন্নাইগী চৈশুরোয়
নীংশিংলি নহাকপু ঙসিসু
সেপ্তেম্বর থা'সিনা লাকপদা
অতৃম্বা কয়াবু হৌদোকপিরম্বা
খুৎতা খোর্জে পায়দুনা
য়াকাই ঈশৈ শৈরেংলম্বা
হে লময়ানবা লৌশিংবা
লাকখো হল্লকখো নঙবু ।

# চিরোল হেক্তা তৌসিল্লগে

ফজৈ হেক্তা হায়জিল্লগে
থম্মোয় খঙদ্রসু থম্মোয়দুগী
থুরবসু থম্মোয়না থম্মোয়গী লাংদা
লুপথবগে তোৎশিনগে তিনশিনগে
থেঙ্গায়নগে থম্মোয় থম্মোয়
চিংথোক্লদ্রিঙৈ থম্মোয়গী মরিল
হেক্তা নুংশি হায়জিল্লগে
ইকাইথিবী ওইরমদুনা ইক্কাইখ্রবসু
শাওগনবী ওইরমদুনা শাওবক্লবসু
কারলতাবী ওইরমদুনা পুরিশিল্লক্লবসু
চিবোল হেক্তা তৌশিল্লগে ।

(৫-৬-২০০৬)

## ঙসিসে হয়েংগীদমক

তম্নলাই শঙ্গু শঙ্গুনা
চাকখাওদা খোঙপাক্লা কাওরকলি
মমাঙথোংদা
মনিঙথোংদা।

অমুবা মখুৎশিংদুনা থিনজিল্লকই
পুল্লম্বা শমবুল নীংখায়রকই
শমজিরৈনা লৈমায়দা নোক্লকই

খোঞ্জেন্না মালংদা তিনখি
পিরাংনা খুদাংদা লোৎখি

থব্রায়না অতিয়াদা কোইপাই পাই
হকচাংনা মোংফমদা
ঐগীখক্তা মাংওইনখিবনা
অকন অরিং শিংনরি
ঙসিসে হয়েংগীদমকনি কাউথোক্লরি

*(৫-১১-২০০৬)*
*মাস হোটেলদা পাথোকখ্রবা*

# ঙাওদ্রিবদা

কেক্রু পাম্বীগী মহৈনা
খোংবা য়াম্না হৈবগীদমক
নিবদা অহাওবত খন্দুনা নিবগীদমক
পূক য়াম্না নোযবগীদমক
লেপ্পা লৈতনা হুইসেল খোংবগীদমক
খঙনৈ মীপুম খুদিংনা
তোমচা অঙাওবা হাযনা ফাওখি।

মচু শুববা ফিজেৎ ফোৎপা হৈবগীদমক
মফম শিনবা থুংনা য়ৌবগীদমক
অঙাওবনি হাযনা অঙাংনা লক্লবদা শাওবগীদমক
খঙনৈ মীপুম খুদিংনা
গোপাল অঙাওবা হাযনা ফাওখি ।

যাম্না নুংশিননা লোযনৈ
লৈলা-মজনূদগী তাদে
হিব-লনজাদগী নোপতে
খম্বা-থোইবীদগী হন্থদে
মনি-থম্বাল হায়না ফাওখি ।

কেক্রু মহৈনা খোংবসু হৈত
মচু সুনা ফোৎপসু হৈত
মীবু সুমহৎতুনা নুংশিহনবসু হৈত
কবম্না খঙনগনি কবম্বা মপোক্তা ?

# করিগীনো 'সিবু

তাওখি ঈপাক্তা আশাগী
হুমদুনা পুখি ব্রাখলনা
ব্রাইথুংলুই মহিশুরগী লৈকোল অমদা
মচু মচুগী লৈপালশিংদুনা
হরাও মোমোননা মচুগী পাউজেল য়েল্লকই ।

খুৎসেম হৈরবা মালিগী মচাশিংদুনা
শুমহৎখি মিৎস্নাসিবুদি মিৎফম হোংদ'খে
পীরকপা লৈখিদে লৈনমদি
লৈনম চেন্দবী মচুগী লৈপালশিংদুনা
ইহাঙদা হাঙখি ঐগী থম্মোয়
ইব্রাৎত ব্রাৎখি ঐগী পূক্নীং
মেনসিনবা ঙমখিদে মচু মচুশিংদুনা
থেক্লা কোয়না জগোয় শারিবা লৈপালশিংদুনা
করিগীনো 'সিবু
হংজখি ইদোম ইথন্নত
ফংবা লৈত্রবা পাউখুম পুদুনা হল্লকখি ।

*(১৯-৮-২০০৫)*
*সম্বতিপুরম, মহিশুর*
*ইরাই, রাক্ষি নুমিৎ*

# ঙারি

খোঙপাক্লা নেৎশিল্লগা থমথিবা
হেক শোকলুবদা নমথিবা
মাগী মহাওদি
মৈরক্তা
মৈরক্তা লংশিল্লগতা খঙলক্কনি
লাপথোবক্লগা নীংশিংলক্কনি
নীংলবোই হাযবদি
খঙদ্রে।

(২৪-৪-২০০৬)

## মপোকসিমগী

ইল্লরোই
শঙ্গু-শঙ্গু
নাক-য়েংতা
জোরো-জোরো,
লাইরেন মতুং ইনবগুম
লাইপোকমক্তি নংত্রে খগুই মসিমসু ।

নপচ তাংজদুনা উতাংবিগুম
লৈ-কোয়া লৈ-লোংবদি
ওইজ ফংনবগীদমক
লৌনম চিরোল
ঙমগনি থাজদ্রে
মপোক 'সিমগীদি ।

(২৩-৮-২০০৬)

## য়ানবমখৈ

থাগৎনৈ স্বর্গ য়ৌনা য়ৌনা
ঐদি থাগৎলোই চিরোন তৌদুনা
মদুগীদমক ঐবু তিল্লাইখোম্বীগুম
খোংপাক্লা নৈহৎচসনু
মদুগী চৈনাদি
মখোয়সু নোংমদি ফংসনু ।

## য়োংশিনখ্রবা মতুংদা

কোইবা ঙম্নরমদে ইখোল
চাবিনবা ব্রাংলম্মী মীশিং
ঙাগী ঙা ঙাক্তা ঙমু ঙক্রাশিং
পাংচাউ কোমজাউ কোমপীকশিং
মহাও লৈরম্মী মহে মরোংশিং ।

কৃক-কৃক ইম্নরে য়ূম্না
উরু-উরু লৈনরে মীনা
শগুন তৌনৈ খুবাক ময়ায়দা
শ্বায় তুমখি
খোঞেন্দুগী মরক্তা ।

তস ! পেল্লী হায় কনানা
মপি তানা কপ্লি কনানা
য়েংই কুম্মৈঙুম খরনা
ফৈ ফত্তে নৈনৈ
কালেম্থা লাক্কনি কাউনা ।

অফবসু য়াওরমগনি
তৌহৈদবসু য়াওরমগনি
তৌগে য়াওনা তৌবদি ওইরমলোই
তঙায় ফদবা ওইরম্বসু য়াই
তঙায় ফরক্লোইদবদুদা করিগী
নিংথমগী নুংশা যাইরুরিবা ?

(২০-২-২০০৫)
হুইয়েল লানপাউ

(২৯-৫-২০০৫)
হৈবোকতা পাথোকখ্রবা

# মতমদুদা পেল্লনি

অঙানবা সংসারসিগী মরক্তা
খাজিল্লী পূমকোয় কোয়না
মায়কৈ সুমদায় মরিমক
নমদুনা মমহল্লী ওইহল্লী অমম্বা
অদুগা শান্নে রাস লীলা ।

সমুদ্রগী ঈথক সুনামিগুম,
চীংগী ঈপোম অমা,
লাক্লো নঙ লমদমসিদা,
শিগ্লসনু ঙম্নমক,
পূম্নমক তুম্না মাঙখ্রসনু,
ঐবুসু য়াওগ্রসনু
শাগৈ নাতৈ খাক্তনা,
নুংশি লিচিং ব্রাৎলবা জীবশিং ।
নীংশিংনরক্লসনু ঈবাংমা লাননা,
নুংশিনদে খঙদনা ঐখোয,
মতমদুদা ফংলনি ঐ শান্তি ।

(১৩-২-২০০৫)
(২৭-২-২০০৫) *মান্নবা*

# নঙগী করম্বা গুণনো

নঙগী মরমদা,
ইরগে খন্দুনা পায়খৎখিবনি কলম,
অদুবু ঐ ইবা ঙমদরে ।

নঙগী শক্তম অমা,
য়েক্লগে খন্দুনা পায়খৎখিবনি তুরি,
অদুবু ঐ য়েকপা ঙমদরে ।

মায়থিরবা লান্মী ওইরে
মচু পূম্বা মাঙখ্রে খঙহৌদনা,
থম্মোয়সি নিক-নিক লাউরে ।

ইশা পূম্বা পঙথরে,
তান্নবা ফংদরে য়াঙলবা ব্রাখল,
তুংইনবা ঙমদরে ।

তাংথক নায়রবা নঙগী
ইপোম লক্তা লুপখরে ।
ইশা পূম্বসে পঙথরে
মসিবু নঙগী করম্বা গুণনো ?

*(২৮-১২-২০০৪)*
*(২০-৩-২০০৫) মান্নবা*

# করিগী শিন্থরক্লী পিরাং

য়াম্না কিজৈ,
লাইবকসিবুদি কিজৈ ।
তশেংনা নুংশি,
পুন্সিসিবুদি নুংশি ।
কদায়দগী হৌরকখি খণ্ডদে,
কদায়দা লোইগনিসু খণ্ডদে,
হায়ফম খণ্ডদে ।
পিরাংসিনা করিগী শিন্থরক্লী ?
রামনবগীরা, নুংঙাইমনবগীরা ?
তনৌরবী অতরগুলাপশিংনা,
পোমশাৎনরকপদা কেনখি পূমঙাং ঙাংনা,
হৈখা মপালদি ফুগায়না শাৎলকই,
নিংথম উনখা কিদনা ।
পিরাং শিন্থরকই পিরাংগা পিরোয়ননা
থারো থারো লাউখি,
য়োৎসিনবা ঙমদ্র লীলদুদা ।
চাকঙা চাকঙা হায়না শোনখি,
মৈগী চীংদুনা পোকখায়খ্রবা মতুং ।
লানবন্দুগী লাইফমদুগী লৈমায়দুদা,
ঈথক্কুগীরা ঈপোমদুতগীরা উনশাদুগীরা ?
পিরাং নঙনা শিন্থরক্লীবা ?

ষণজেননহাগী ব্রারী
য়োং তনয়েনবগী ব্রারী
খম থেংনা ব্রাবগীরা
খম থেংনা নুংঙাইবগীরা,
পিরাং নঙনা শিন্থ্রক্লীবা ?

*(১-১২-২০০৪) ১১ঃ পিঃএমঃ*
*(২১-৩-২০০৫) সনা লৈবাক*

# হয়েংগী য়ুম্বী

নঙবু হয়েংগী য়ুম্বীরা,
ননপ ইতৈ তৈরদনা,
মরেক ইকা কারদনা,
নুরা ইথাং থাংলদনা,
শেগাযবা ফিজোন্না লৈতেংলীবা।

নঙবু পোকপী পলেম্না,
মিৎকুপ অমা পঙথখিবদা,
হুন্দোক্লমদুনা চৎখ্রবা,
নব্রাচানি নরাইবক্লী নবাননুংনি থম্বীরম্লবা।

নঙবু হয়েংগী য়ুম্বীরা,
নপতৈবা-ফিথোংদবা কোকপাৎপা,
অমোৎপা অঙাং !

লানমৈনা ব্রায়খ্রবা,
মিহুন সুদ্রবা পাম্বী মচা,
নঙবু হয়েংগী য়ুম্বীরনে ?

(৯-৪-২০০৫)
(৮-৫-২০০৫) মাম্লবা

# তোর্ব্বান অনী

হে ঈশ্বর নঙসি তাইনফম্নী
অদুননি ঐনা হায়রিবা
নঙসি য়াম্না ফত্তে।

অতোংবদা লৈথোল্লী
অকুৎপদা লৈতৌই।

নক্লখ্রবা তোর্ব্বান অনী
ঈচেল অমনা থৎহল্লী।

ঈপাল থাদনা হেন্না লাপহল্লী
ঈকং মতমদদি নুংশিনরমদগুমই,
অদুবু খক শম্নহনদে।

কুমগী নোংনা ঈথোয় হাপ্লক
লাপ্লরকখি হেন্না হেন্না,
হায়য়ু কদায় ফাওবা লাপ্লরগা
ওইগনি নঙগী অপেনবা ?

(১৩-২-২০০৫)

# লাই হরাওবা লমথোরকপদা

লাল্লবা কাদা কনবীয়ু
য়োল্লবা কাদা ঙাকপীয়ু
উপায় ঙাক্লৌ পীনবীয়ু
থৌজালগী মিৎয়েং ফংহনবীযু

ইখু লৈদা লৈতাজে
চরৈ ইঙক্তা ফিথোংজে
ইয়া নাপী চিকনা
খুবাং চাংজৌ তরা লোননা
খোইয়ুম নঙবু হন্না হন্না পুনেমজে ।

তম্বদা খোইয়ুম নঙগী হৈকৎ-লৈকৎ
থোরকপদা নঙনা কোংবা লময়েংবা
অথোয় হিদান্নরে লায়র চারা শেন্নে
শিল্লম শিল্লা থাদোক্তুনা
ঈবাং কৈথেলদা ঈকারে
অথোয় নাপল হেদোচন
পুন্সি কোঙ্গোল তেমশিংনরে ।

তৌফদ্রবা নঙগী হরাও মথোয় তম
লৈতেং অথোয় হিদান্নবসিদি
লায়র চারা সেম্বসিদি
ঈরাং কৈথেল ওনবসিদি
পায়মা ঐগী খৈনা নুংনাংজৈ
সিবু নঙগী শিল্লারা
নৎত্রগা লোয়রমদাই অমগী খুদমলা ?

*(২৫-৫-২০০৬)*

# থম্মোয়গী ব্রাকৎ

ঙাইখোগবা থিল্লকখিগনুবা কৈদৌবগে
মচিন তুন্নবা নঙগী খুদোনবিদুনা
থোংলবা থম্মোয়গী লৈরোনসিদা
শেল-থুমগী
খঙ-হৈবগী
নাপলগী রোকেট তোংদুনা
নমিৎ কোরী কানা ।

লেপখোগবা চিংখিগনুবা হে কৌরব-পতি
ঐগী সারিগী ফিজিসে
মহা পাপ্পি নঙবো
সে থাদোকউনে সে ।

ঐগী সারিগী লংলা খুদিংদা
য়াওরিবনি প্রলয়গী ঈরিকশিং
নঙদি খঙদ্রিবোইরে ।

লেপখো নঙগী করেম্নবা মীনোক্তো
হাক্লা ময়াই হেনগানখিগনুবা ।

*(২১-৫-২০০৮)*
*নম্বোলদা পাথোকপ্রবা*

# করিনো ওইরক্লদৌরিবা

কদায় কদায়দনো,
শুরু-শুরু নৈশিন্দুনা শাম্নে,
দোঙ-দোঙ থেংজিল্লী,
মচিন-তুমখ্রবা ব্রাখলনা,
মপান-নাইদ্রবা আশাদা,
সুৎ-সুৎ কপ্পকই মপি শিন্থরকই
চাগেগা থক্লেগা সেৎকেগা
পূম্নাঙ লাঙই পূমনিল নিল্লী ।
খনথবা কাউথোকলুবনি,
কাউথোকপদুনি খ্বায়দগী লুরিবনা,
অঙম তানবদনি মোংফম থনখিবা,
নীংশিংলুরগা নিংদোল পোম্লীংঙাইনি ।
অফ্রিকাগী জঙ্গল ফাওখিবা,
পেরিষ্ট সিটিদা থুংখিবা,
হাওরাগী থোং লানখিবা,
লমদমসিগী চীংলৈবাক য়োরগদি,
পূম্নমক অকিবা অমা ফাওরকই ।
করিনো ওইরক্লদৌরিসে ?

(২২-৫-২০০৫) মাম্নবা

## লমজিংলখো

লমথুং উঙমদ্রীবা পাক্লবা
ঈথক ঈপোম হৌরবা ঈপাকস্দিদা
হোল্লি খুৎতা নৌরেল পায়দুনা
কল্লবা নোংলৈগী শাফুনা হুন্নকপদা
হিগী হিরম খঙলক্রবদা
হিরুবাক্তা ফন্নদুনা
পিরাং চদুম-চদুম্না
নিঙাই তৌরিবদু য়েংলি
অতেকপা নৌরেল লেংথোংনদুনা
শিন্থরকখিবা পিরাংনা হিরুবাক্তা
য়ৈরম্নগা তিনখিবদো মন্নবা ঈপাক্তা
কনানা মশিং নীংশিংলমগনি
অথৌবা থাঙগী ময়ামগুম
অতুম্বা তাগী মতোনগুম
থোক্লক্লে কনাসু নোংথাংগুম
মরীন ফুনবা তুম্বাদি
কিজৈ তশেংনা কিজৈ
মীয়াম্মাংদা নোংদোল পক্লা
শৈথাগদবা নঙবু থাঙ্গৎতুনা
থেংনহৌদ্রবা উন্নহৌদ্রবা নঙগী নগুণবু
ঐদি ইকাইবা ফাওখিবনি
অদুবু খঙলে ঙসিদি
মচি কাদে নঙদি

চাওরগনু লফুগুম
কিদে নোংলৈ নুংশিৎসু
নঙগী চংবী লারাক শেগাযখিনি হায়বগী
খন্দে নোংজু নুংশাসু
নহুম পোঞ্জেল চোৎকনি হায়বগী
মীয়ামগী তুংগী খনবনা
লাইনিংনি নঙগী লাইশোন্নি ।
খঙলে ঙসিদি খঙলে
হে শান্না উঙম্বা
লমজিংলখো ঙসিসু ।

# লাই লৈত্রবরা লাইরৈবাকসিবু

লেপ্তুনা য়াংশিল্পী শীংগৈবাকশিং
অমুবা মখুৎ ময়াম চংদুনা
পীরকই মৈরি মৈশা
ব্রোং-ব্রোং শৌরকই
থোরকই কোঙ্গোল শঙ্গু-শঙ্গু
শৌবদগী হেন্দোক্তুনা পাথরকই
তাকখি কোঙ্গোলশিং
মরোল মরোল মশিং থিঙমদনা
লুপখি অকাউবগী ঈরোননুংদা
লৈরোন চনখি মরোল মরোল
চিংথোরক্কনি লংজিন অমা
থেঙলবা অহিংগী মমৈদা
কয়াম শাংনবু চিংখিগদবা
লংজিন পূল্লবা লংলাসিনা
তাংজ লিনগুম লৈরোংলে
তংখায় তংখায় অনীথোকপী
ব্রারেদকো থব্রায়সে মৈরক্তা
লাই লৈত্রবরা লাইরৈবাকসিবু ?

*(১৭-৪-২০০৫) মান্নবা*

# অথৌবশিংদা

ওলাং মৈশা মৈরকসিদা
কপচেৎপীগী পিরাং পিরকসিদা
লাক্লিবোইরে নঙদি নীংঙাইদনা
নকুম নথাগী নিংথানা য়োন্নদুনা
হে অথৌবশিংগী নীংশিং কুমওন।

লাই ওইখ্রবা হে অথৌবশিং
চিনগা খুৎকা শম্নদ্রবা তাঞ্জাসিদা
নখোয়গী থৌনা,
নখোয়গী লিংজেন,
নখোয়গী কখোকপা
নখোয়গী থম্মোয় তিংবদু,
নীংশিংলক্লে ঙসিদি নৌহৌনা
য়োমশিনখ্রবদা মতমগী কুয়োম্না
তৈশিনবিরে মরোল মরোল
ওইদবা কয়াগী মচুশিংনা
অমুবা মখুৎশিংনা লাম-লান্নদুনা।

নখোয়বু থাঙৎলি মীয়াম তিনবা মফমদা
তৌশিন্নবগী মচিনশিংদুনা ইকাই খুঙদমখৈ
নখোয়গী নথৌনাবু শোনজিননৈ
মচু মচু কয়াগী ফম্বাক্তা
হে অথৌবা, ঐদি ইকায়জে

নখোয়বু শৈথাগদবা মীয়াম মাংদা,
নখোয়গীদমক পিরাং শিন্দুনা তেংথাগদবা,
ঐদি ইকায়ঞ্জে ।

অদুবু ঐবুদি থ্নারৌগনু
নোংমদি থম্মোয় মথুম হাংগে
পুক্লীং কিশি থোককে
পিরাংনা নখোঙ চান্নক্কে
মতম খরদং ঙাইরমখো ।

*(হিন্দী পরিষদকী হোলদা পাথোকশ্রবা)*

# কে আর এস দামদা

লাংতক্লবা অমনা লৈতাহনখিদে
য়েংনীংবা খঙনীংবনা চিংদুনা পুখি
বৃন্দাবন্দ গার্দেন মহিশুরগী
কৃষ্ণ রাজা সাগর অসম্বীদা কে আর এস
মহিশুরগী মমিং লৈরবা দাম
চহি তরামরিগী তুংদা ওসি
মহৌশা লাইরেম্বীনা পীরকপা খুদোল
নোং লেপ্তুনা চুরকপদে
খুদোং থিনিংঙাই ওইরকখি ঈমায়
অথিংবা থমখি অয়েংবশিং চংবা
নীংবা কায়না হল্লকপা তাখি
খঙনীংবা য়েংনিংবা আশা পূম্বা নম্বো পোরদুনা
তাইবং শেম্বা মপু মাগী থৌজালদে
লাইবক ফবা ওইহনবীখি
য়েংবা চংবা য়ারনি লাউথোরকখি
চংশিল্লী মীয়ামগী মতুং ইল্লদুনা
মচু মচুগী লৈপালশিংগী লৈকোন্দা
লোয়রোই লোয়রোই ঈশিং চাইবীগী মরক খায়না
মমিং লৈরবা আর্কিটেক
শ্রী এম ভিসভেশ্বারাইহ
ইং কুমজা ১৯৩২
কৃষ্ণ রাজা ব্রাডেয়র মরিশুবনা পানবা মতম
কাবেরি, হেমাবতি, লক্ষমানাথিরথা

তুরেল অহুমবু থৎতুনা শারিবা
দামগী পনয়াংদা খোঙদাবা ফংজরে ।
মিটর লিশিং অনী চাতরুক কুনমাথোই শাংলিবা
মিটর কুন্থ্রা মাপল ব্রাংলিবা
স্কার কিলোমিটর চাম্মা কুন্থ্রাবু
লাইজ ঈমায়না কুপশিন্দুনা শন্দোক্লীবা
ঈকারকপা ঈথক্লা ঙাথু-থেংথু শান্নরীবী
নঙবু উরুবদা পুমঙাও ঙাওখি ঐদি
হে নীংথিরবী দাম
নঙগী ঈথায়রকপা ঈচেলগী ইরাওখোলতনা
নিল্লখি মফমদু অঙকপা অমগুম
লশিং মফোলগুন্নবা নঙগী শক্তমদা
য়েংবগী পেনবা নাইহনখিদে
য়েংবগী পেনফম খঙখিদে
পূক্লীং হকচাং ৱাখল পূম্নমক
চেম্থদুনা পুখি নঙগী ঈচেল্লক্তা
ইশা পূম্বা চোৎখি
নঙগী শ্বরগী লৈচিলগুন্নবা ঈরিকশিংতনা

*(৫-৮-২০০৫)*

*কে আর এস দাম*

# নীংথমলক্তা

শিরোই চীংগী লিলি
জুকো তম্পাক্কী লৈরাং
মাওগী আলু
তমেংলোংগী কমলা
সেনাপতিগী ব্লোকেদ
খারমগী য়োংচাক
জিরিগী থৈবোং
নুংবাগী উ মোরোক
লম্মাংদোংগী নুংদেংকোৎ
সোয়বুমদো ককচীংগী
কদায়দগী হংলুবদি য়াদবা ।
অঙাংনা খঙলরোইদবা,
শুগুনুগী নুংশম ।
ব্রারী ওইহৌরগদবা
চকপীগী উচাল ।
সিংহাৎকী উচিথি মোরোক
মোরেগী মাইরেন ।
নৃং ওনখ্রবা হুন্দুংগী বিলামাতি
ঈচাওনা চেন্থ্রবা
ব্রাংবনগী চিনি ।
পোৎলোয়বীখ্রবা
লোইতাং খুন্নৌগী মিল ।
ভারত্তা অহানবা ষ্টেট

ট্রান্সপোর্ট মুৎথৎপা মণিপুর ।
কাউথোকপিরবা থৌবান্দোংগী চফু
য়েঙনীংদ্রা, খঙনীংদ্রা, নুংশিদ্রা ?
কাউগেবু তৌইদা !
পোৎশংবমগী য়েলা ।
নীংশিংলক্লে ঙসিদি নীংথমলক্তা ।

# লৈনীংদ্রে

লৈনীংদ্রে, কদায়দবুদি চৎলুনি
অরোইবা চৈখৈ মানা লাক্তিংগে
রাহংত পুবা জীবদু তারদরা ঐবু
অপাম্বা খঞ্জবা নীংজবা কনানবু খঙবীরি ।

চরমসি মেৎকদবগী ঙাইরিবা খুৎশাশিং
মখোয়গীদমক পোক্লকপরা ঐবু
অদু ওইরগনা
মেৎলরো ঙসিমক পোৎথাহল্লো ঐবু
চৈখৈ ঙাইরদুনা লৈনীংদ্রে ।

# ফংলবরনে সিবু

অথাকপা তম্নলাইশিংদুনা লাউরকই
মপু পান্দ্র হূইশিংদুদা
নরানগী পোৎয়োমদু পুদুনা চংশিল্লকউ হায়না ।

থেংকৎলম্বা মমৈদু মৈশা ফংল হঙ্গামগুমখি ।

ঙাইহাক্কী তুংদা,
মোমোল নোক্লা পুকফবা শাদুনা হায়রকই ।

য়ারে য়ারে চংলো
লান্দ্রবসু নঙনা
নরান পুম্বা পুদুনা চেঞ্জখরো
থাদোক্লবনি পোনসিদগী
নপুক্সিগী অরোইবা ওইনা
লৈগী দোলাই তোংজরুরো
পীরবনি নীংতম্বা ।

# কনানো নখোয়বু

তাংলৌ নৈনা থেঙনক্লবদা
মীচিক মীরাওখোল তারকত্ত্রবসিদা
অচিকপবু থুগায়ররিবা কনানো নখোয়বু
কনানা থারকপনো নখোয়বু
শ্বাই শ্বাই লাউবা নখোয়গী খোঞ্জেল্দুনা
তপথহনদ্রে থরায়শিংবু
মিপাইহল্লে মিরেনশিংবু
অদুঙেগী থেঙল অহিংদদি
ওমহৎল কৌজেং হারৌগী খোঞ্জেমা নিঙ্গম্মী
ঙসিদি নখোয়গী নতৌসিদি
থরক মীহনসি নোংলৈ মায়োক্লগুম্মী
হোরেন অহীং লোইশ্রগা
হয়েং ইনুং ঙানবদা
য়েক্লদৌরিবরা লামায়শিংদা
মচু শঙল শঙলদুনা
পিরাংগী লৌখোং তৌগদৌরিবরা
কনানো নখোয়বু ?

# ফিজং অমগী মরুমদা

ফিজং অমগী মরুমদা
শক্তম শেম্মী
ফিজোল হোংই
মোইনাদা মীরোল তম্বী ।

থাগৎনৈ মশেল ওনশিন্নদুনা থাগৎনৈ
শেন পুবনা শেন্দোয় চাবদা
শেন পুবা ফংহনবগীদমক
মীহাৎপনা মীহাৎপদা
হাৎপা ঙম্বগীদমক ।

ফিজং অমগী মরুমদা
কনবীবা ঙম্বা
ঙাকপীবা ঙম্বা
ওইজবা থাদোকপা ঙম্বা
থম্মোয় শেংবসু লৈরিগদ্রা ?

থাজবা ঙমদ্রে
ইমাংদা লেপ্লবা পূয়মক্লা মোইনাগুম
অশাবা মূর্তি ঙাক্তা ওইপ্লবদা ।

# ইরাল অমদি লৈরগদরা

হৃমদুনা পুণ্ডমদ্রবা নোংলৈনা
পাইখ্রসনু চীংজাওসু হিমালয়
কংখ্রসনু ঈশিংসু সমুদ্রগী

তৈরিবা মচু চিনবান্দা
য়েক্লীবা পিশুম লাংথাকপী
মীশুম লাইব্রা পুরীবী

কাউথোক্লবরা লোৎশিনবা লাইচাক্তুদি তুংজুংবা
তেংবমখৈ থাদোক্লীবা লেংপাক্তা
মরেং মরেং চৎলিবদো

লাংবন খোইহি তৈদুনা
মোমোন মীনোক্লা মীশুন্নবসু
তুজুংই লাইচাকতুদি উক্লব্রগা

শেংনা শেংনা তশেংনা
হায়নিংবা হায়দোকপগীদমক
হৈনরমলোই নুংশিরমলোই ঐবুদি

হায়নিংবা থিংদবগীদমক
লৈশি লৈথোন্দবগীদমক
ইরাল অমদি লৈরগদরা ?

(নম্বোলদা পাথোক্লবা)

# খোঙ্থাং য়েহৌরি

থেঙজিল্লক্লে হললগে
গাডি নংহৌদ্রে
হয়েং চৎলগে।

থাজ কোটিদি ঙমজবী কুচু
লেংপাক য়েবী শন্নাং
কেবা পামজদবী মচু শংদবী
তবারবী ব্রাওথাংনবী চিনবান
চিনবান্দুদগী থোবকখিবনি।

থেঙজিল্লক্লে হললগে
গাডি নংহৌদ্রে
হয়েং চৎলগে
খোঙ্থাং ওইহৌরে ঙসিদি।

(২৪ ৪ ২০০৫) মাম্নবা

## খুদোনবীগী শান্নবুং

খুৎতুম্মা পোপ-পোপ
খুৎপাক্লা শেৎ-শেৎ
থাংনা জোব-জোব
লোয়খ্রমাল্লে মতমদো !

থরায়শিংনা শান্নরি খুদোনবীগী শান্নবুংদা
কোচ য়াওদনা প্রেকতিস তৌরি
গোল মেদলগী মণ্ডলান মণ্ডলি
নুংথিল পোবোপ্লদা
গুরুশিংনা ঙাইহরি দক্ষিনাদং
মনাক্তা হুইজাও হুইজাও লোয়বদুনা ।

# খণ্ডদে

মথিবোং য়াওদ্রবা অচৌবা থরোইদুনা
অঙৌবা মোইবুং ওল্লদুনা খোংঙ্গি

শান্তিগী পাউজেল পীরি নুংতিগী
লবুক থরোইগা নীংখাবীগদি কাওথৎনরি লেপ্তুনা

মকমশিংনা কপ্লী হিক্লা-হিক্লা
লাই-থরোইশিংনদি খামজিল্লীববা ইনশিল্লীবরা খণ্ডদে

খণ্ডদে থম্মোয়দি উরুদবনিনা খণ্ডদে
লোইশিনখ্রো পূম্নমক শান্তি ওইনবা হায়রিবসু খণ্ডদে ।

## কৎচরি তর্পন নখোয়দা

থা'ব্রাবা থব্রান থানা লোইশ্রবদা
লাক্লে লাংবন থাসু নীংঙাইদনা ।
ঙরাংদ হৌখিবোই নীংলুবনি
কুমওন লাক্লে ।

অপিকপা পৃথিবী অমগুম
কয়াদা নিংথি ফজরিবা লমদম্মো
য়েংখিবা খুদিংদা পৃক্লিং হুরবা
চীং পাৎ তুরেল অমদি তম্পাক ।
লোইনাদ্রবা অমুবা চীংশাং পরেং
মহৌশাগী নিংথিরবা খুদোলশিং
ঋতু কয়ানা কাইদা য়াওল্লিবী ।
খেন্নবা লাইনীং লাইশোন ধর্ম্ম
মান্নদবা চাকচা য়ুথক
লোন ব্রাঙাঙ খোনফম চৎন লোনচৎ।

পৃম্নমক ওইদুনসু খেন্নদুনসু
হিংমিন্নবগী লীপুন্না চেৎনা পুল্লিবনি ।
চহীচা কয়াদগী খুন্দামিন্নরকপা
অপিকপা পৃথিবী অমগুম
কয়াদা নিংথি ফজরবা লমদম্মো ।
ঐখোয়না খঙঙম উঙমদ্রবা
মপুগী পুন্সি চৈথেক শুরদুনা
নুংশিবী লমদম নঙবু থাদোক্লম
থব্রায়শিংগী মরক তিন লাইওগ্রবা
তমথীরবা খুদোংথিবনা লাকপীগ্রবা

নিংথৌজম জুগিন্দ্রো ইঞ্জিনিয়ার
হিংচা য়াইতম্বা আইন্না পুবিখ্রবা
খুন্দ্রাকপম তেজকুমার উরিপোক
থাংজম চনু হেম্লোইবী
কোঞ্জেংবম চনু মেমিতা
পেবম পিবা অথৌবা চিত্তরঞ্জন ।
নবীংজেন নথৌনানা মাঙওইনবা
অথৌবা অথৌবী নখোয়গী নফমদা
ঙমখৈগীদমক থব্রায়না পোম্থা পীখ্রবশিং
কৎখ্রবসু মীওইচা কয়া কয়ানা
লৈরাং খুজোক খুজোক নফমদা
কৎচনীংদুনা ঐসু নখোয়দা
লমদমসিদা ইপা ইপুগী
লাংবন থা-সিনা লাক্লবদা
হৈপাল লৈপাল শুদ্রবসু
মিৎকুপ 'মত্তং ওইরবসু তুমিন্না লেপ্তুনা,
কৎচরি তর্পন নখোয়দা
লিটল পেরাদাইজ
লেন্দ ওফ জুয়েলস
নুংশিববী লমদম অপিকপা পৃথিবী
পিকচববসু কল্লক্লবিবী মালেম পুম্বনা
নঙবু থানীংদ-থানীংদা চৎখ্রবা
হৈরাঙ্গোইথোঙ লান্দুনা বৈতরনিগুম
রিমসতা পুশিনবা নংদ্রবা থবায়শিং
চঙাঙ্গৈ অমদি থৌদোক কযাদা
মাঙহনবিখ্রবা থব্রায় মফম খঙদা

হাৎতোকপিগ্রবশিং হিংথৎ খৎতুনা
কৎচরি তর্পন নখোয়গী নফমদা ।
শোইনাইহনবিগ্রে মীওই কয়াগী পুন্সি
মরাল কয়া পীশিন্দুনা খাংভুথক্কী
খোঙ্গোয়নবিগ্রে ইজ্জৎ কয়া খোঙ্গাওননা
নৈখায়বিগ্রে লৈনা কয়া উফুল্লক্তা
মশীং থিঙমদ্রবা থৌদোক কয়াদা
নীংশিংবনা মন্নাৎলগদবা মশীংনি ।
কৎচরি তর্পন নখোয়গী নফমদা ।
তৃমলুরবা লাইনীং ইপানাৎ ইপুনাৎ
মীকপ খোঙলৈ য়াঙথৎহল্লম্বা
ঈয়েক অমদি লোনগীদমক ব্রাজরম্বা
মিংখে পঞ্জররোই ইথক থোংবশিং
সাহিত্যদা খুৎথেক থারম্বা
পুং ঈশৈদা শক্লাইরবা খুৎহৈবা
মেনখৎপদা অন্নাবৈ মশক ওইরগদবা
লাইওইখ্রবা থব্রায় পূন্নমক্কী নফমদসু
কৎচরি তর্পন
লৎনবা লৈতনা
লৌশিনবীয়ুকো নখোয়না ।

*(১৮-৬-২০০৫) নম্বোলদা পাথোকপ্রবা*

# লাংদা থুরবা

ঈথক ঈপোম হৌরবা ঈয়াইদা
চোংথরগবু
চোৎকনি কিরুবগী কাম্নরিবরনে ?

লাংদা থুরবা উচেক্না
ঙমজবমখৈ মশা খপ্পী
তৎলরোইদবা লংলানা
শাখিবনি লাংদুদি
মহাকতি খঙজদে ।

## ঐগী পোফম

মীগীনা মতোংতা ঐগীনা শরূ
শরূনি হুন্দোকলূরসু
খুৎচা থি শরূফাওবা চাখ্রে হেক্তা হায়
ঐ কদায়দা লৈরি কোয়মা মারি ।

*(২৫-১২-২০০৮)*
*কছারগী লাইশ্রমখুন দা পাথোকখ্রবা*



ক্ষিজং অমগী মরূমদা

# শ্রী মীনকেতন্দা

তাইবঙ লিশুবা মাগী ফম্বাকথক
ইং কুমজা ১৯০৬
থাজং মাগী থাজিন
মেগী তাং ২
মপু থৌগায় থৌগারক
চাম্লি খুৎথেক তন্নম্বা
অশৈবা মিংগৌজগেকো নহাকপু
হে অশৈবা
অশৈবগী নীতায়বদ খুদোল্লম্বা
নীংশিংলি ঙসিসু কাউঙমদে
কোরৌ নোংদি নুমিৎতো
কালেন কৌনানা শাইওনবও
তৌরাং মাগী ময়াংথক
খুউ লৈতানা খোর্জে শুরম্বা
আনোক য়াওদ মিৎয়াদো
ঙৌরা শন্নাংনা জ্বায়-জ্বায়
মোমোন মীনোক্লা মীশুম্বা
খুৎলাম তোয়না কৌসিনবিখিবা
নীংশিংলি ঙসিসু কাউঙমদে।
ইনিংবগী ঈনোৎতি ঈকারক
ফোংহে পাঙ্গলদি ঈকংথা
চংজরুবা থোঙ্গাল থোংজিল খুদিংদা
খোন্নাং মনম কোক্লি তাম্থোকপিরক্লবদা
নিংদোল পোন্ন থব্বায়না
অনৌবা অমা শেন্নবা তুং
পোরম পোমিৎ নিজবা নফমদা
মদুই ব্রারী শিংবুল্লক্তা

নোংমদোল অতিয়া অরুববু য়েং
তাকপিরম্বা শিদ য়াব্রাদো
নীংশিংলি ঙসিসু নীংশিংবলক্তা
'লিংখৎপা হৌদোকপা লাইবনি,
হিংহনবা শিহন্দবা লুবনি'।
থোক্লরে ঙসিদি মদুমক
চিন্দা লাইবু তোংগুমই।
হিংবৈ লাম্লেংনা লুখিবনা
লাইজ খিকলেন চাইঙমদা
ময়োলদা অনৌবা খুইথখরে।
নুংশিরকখ্রেদা ঙসিদি নীংশিংলুরগা
বিদায় অশীর্ব্বাদ পিবম্বা
'সর্ব্ব মঙ্গলম
সর্ব্ব কুশলম
ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তি'
ঙকখি খৈনা যাংকোক থনখি,
নীংশিং কুপশিনবদুগীদমক তুজুংখি।
পাবিয়ু পিজরম্বা তাকপিয়ু অশোয়বা
হায়না চৎচরুই নোং অমদা
লমায়, পরেং, কোমা, চৈখে।
কবোক পোক্লকখি চিনবুংদা চিৎথদনা
ঙকপনা মুনখিবনিদা মিৎকুপতো
কল্লকইদা নঙগী নীংশিং শক্তিদো
ঙৌরা শন্নাংনা জ্বায়-জ্বায়
মোমোন মীনোক্লা মীশুম্বা
পিবিরম্বা বিদায় অশীর্ব্বাদ
লৌজরে ফিগাও খাওশানা
মপুগী সর্গ লৈকোন্দুদা
থরায়না শান্তি ওইনা লৈবিয়ুকো।

# নিশা

থক্লে নিশা
ঙসিনা অহানবা নত্তে

নাইতোম তাবগী পন্দোল লোম্নবা
থকখিবনি নিশা

চং ফংনা হরাওবা ফোঙদোক্লবগীদমক
থকখিবনি নিশা

খাঙঙমদ্রবা অরা-মৈশা অমগীদমক
থকখিবনি নিশা

কাইনরবদা কাইননিংদবশিংগা কাউনবগীদমক
থকখিবনি নিশা

থক্লা থক্লা ঙসি ফাওবদা
রাহংত পুরক্লি

খল ওল্লিবা সের ফলাসিনা
লেপ্লাইদনা হাইবসিদা
মফম খঙদ্রে নিশাসু ।

*(২১-৬-২০০৯)*
*সদু চীরু ঈশিং চাইবীগী চীংখোংদা পাথোকশ্লবা*

# ব্রাকৎ

হাৎতোকপিরো ঐবু
থুম্না থিঞ্জিনবিরক্রো

হুরানবা হুরানবী অনীনা
থাবল্লে মথোংদা লৈকোনগী পৃম্রি মপান্দা

ব্রাকৎনরি অমনা অমদা
পিরাংনা পাউখোং চন্নরি

য়েংনরি অমনা অমগী মাইথোং
থিংঙমদ্রবা পিরাংগী হৌরকফম নীংশিংনরি

ব্রাকৎনরি পুঙমদ্রবা থম্মোয় অনীনা
ঙাথ-থেংথরদুনা মালংগী ইপোমদা।

# নীংঙল্লক্তবা

খোঙচৎ অমগীদমক
থাংগৎলুবা খোঙথাংনা
ইশামক্কী লুশমদা নেৎশিঞ্জরবদা
উরু-উরু লৈনা খোইরবা
ইশামক্কী শন্নাংশিংনা কৈদৌরুনি
তনিক-তনিক্লবা নাতোন নাকচিগী
হুমাং ইরিকশিংনা তেংথাজবা নৎতনা ।

# ভালটিব

ঐসু খঙই ভুৎশিংনসু য়াই
হম্বরগী সাইকল তাংই হায়বা
অদুবু হেক হেক কাউথোকই
য়োংখৈ পুল্লবসু মপূং ফাদবদো
অহোংবা ভালটিব মাবুদি নীংশিংবিদে ।

*(২৫-১২-২০০৮)*
*জারিবোন দা পাথোকখ্রবা*

# লোক্তাক

হে লোক্তাক ইমা-ও
ফজৈদকো নঙসে
নীংথিজৈদকো নঙসে
নুংশিজৈদকো নঙসে
যেংখি-য়েংখিবা মায়কৈ খুদিংদা
মিৎফম হোংবা য়াহন্দেদকো ।

থাংজিং মাগী মশুমাঙ
অয়ুক য়েন্দা অঙনবা
কোয়ৌ মানা খোঙদোয়রকপা মতমদা
কোক্তা কোকশেৎ শেৎ
খ্বাংদা খ্বাংচেৎ লাক
নীংদা তুঙ্গোল য়ান
শাথেক অঙম্না হিরুবাক্তা
মালংবা মাগা শান্নমিন্নদুনা
পৌরাতনা ঈলশোন তম
লেন্নে ঙামি থেম্নীবী
নঙগী নমোমশিংবু উরুরগা
থোয়না হেন্না নুংঙোল্লিনে পূক্নীংসে ।

খুৎহৈ লৌশিংবা কনাগী
খুৎশেমগী পাৎ কয়া উরুরগা
মহৌশানা পীরম্বা নঙগুন্নবী কয়া
উরুরগসু নঙতনা মহেল্লীনে হে লোক্তাক ।

পোইরৈ মীরমদৈ পাইরকপা
পোম্বী চেক্লাচাশিংনা
নঙগী ইমায়থক্তা চাক্তাজদুনা শান্নজবা
ফুগাইনা শাৎলবা থরো থরিকথা
হৈক্রেক য়েল্লি মরক্তা
উরুবগা থোয়না হেল্লিনে নুংঙোনবা।

থাঙ্গা লৈকাই করাং ঈথৎনা শমক্রু ওই
সেন্দ্রানা লৈশা নম্বগুম নঙগী লাইবক্তা
কম্বোং মনাগী মুর শম্লাংনা
কৈবুলগী মালং শহুম ফংবদা
নঙগী ঈথক্লা তনিক-তনিক
নীংথিজৈদকো ইমা নঙসে।

লাংওন কয়া হাওবা কয়া
নুরা-পাখঙ, পাংথাং-পুথাং নাকোনবীখিবী
মুৎনাইদ্র ব্রারী শিংবুন্তনা থাগোম্নরিবী
নঙগী ঈশা মাপলনা
কাউদ খুদম হক্লীবী
হে ইমা লোক্তা-ও
নীংথিজৈদকো নঙসে।

অদুবুনে হে লোক্তাক ইমাও
ঙসিদিনে নহাক কপ্লনরা
কুমজা খুদিং হোংলক্লিবা
নঙগী হিকথরা শক্তম্নু কোল্লগা
নাইতোম তাহৌরবী পুরারীবু থাগোম্নরিবী
মদোম ঙাইহৌরবী করাং ঈথৎকীদমক
লেপ্পনা লাংওন পুরিবা নঙগী শক্তমগীদমক।




মিজাং অমগী মরুমদা



**রাজেন খুমুকচম** (১৯৫৮) শগোলবন্দ, খম্নাম লৈরক, ইম্ফালদা পোকই। অপোকপগী মিং লৈখিদ্রবা খুমুকচম বুদ্ধি সিংহ, অপোকপীগীনা খুমুকচম ওংবী ভৈগাবতি দেবী কৌই। মচিন-মনাও মাপননি। নুপা তরুক, নুপী অহুম, পুন্নমক্কী মনুংদা মহাক্না য়াইমনি। সাপম্ম নিঙোল ইন্দিরা দেবীগা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদাম্মিন্নরি। মচা অহুম ফঙজরে। মচা নুপীনা অহলনি নোংঙাম্লৈমা কৌই। মচা নুপা অনী, দোন অমসুং অলদ্রিননি।

কোলেজ তমদ্রিঙেদা আইঃটিঃআইঃদগী তোঙান-তোঙানবা ট্রেড অনীদা ট্রেনিং পাস তৌরকই। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদগী জিওগ্রাফিদা গ্রেজুয়েৎ লোইববা মতুংদা মহারাষ্ট্রাদা চৎতুনা নাগপুর য়ুনিভর্সিটিদগী ফিজিকেল এজুকেসন অমসুং স্পোর্টসকী লমদসু সবজেক অনীদা ডিস্তিঙ্কসন ফংদুনা ফাস্ট ক্লাস ডিগ্রি লৌবকখি। দেল্লিদা পোলিটিকেল সাইন্সতা পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ তৌরকই।

কলচর, সাহিত্য অমসুং ঈশৈ-নোংমাইগী তোঙান-তোঙানবা সংস্থান কয়াগা য়াম্না ঙান্না খুৎশম্নরক্লুনা থবক তৌরকই। ড্রামা যাওরকই, ঈশৈ মযেকসু ই, মণিপুরী ফিল্মসু যাওই। হায়স্কুল অমসুং কোলেজদা ওজা ওইরম্মী। য়ুনিফোমবু পামজবনা, য়ুনিফোম সাভিসতা চংদুনা থবক্কুগী পোথারবা (২০০৩) মতুংদা প্রাইভেট কম্পানিশিংদসু থবক তৌরম্মী। (থবক মফম - মুম্বাই, বেঙ্গলোর, মহিশুর অমসুং গুন্টুর) তোঙান-তোঙানবা সংস্থানশিংগী প্রেসিদেন্ট, সেক্রেটরী অমসুং জোইন্ট সেক্রেটরী ওইরম্মী। লাইফ মেম্বর কয়া ওইরি। এ. আই. আর., ইম্ফালদা শৈরেং লাম্লোকখ্রে। চেযোং কয়াগী এডিটরসু ওইরম্মী। ইম্ফালদা কোংবা মণিপুরী পাউচেগী ক্লমিষ্টনি। মণিপুরী লোনবু ভারতকী ৮শুবা সেদ্যুলদা যাওহনবগী মতোংদা মপা হেন্দুনা দিমান্দ তৌবা য়াওবকখি। তোঙান-তোঙানবা মতম অহমগা পাঙথোকপা ট্রেনিং, বার্কোপ, সেমিনর কয়া য়াওরকখি। সার্টিফিকেট, মিমন্ট, পয়াগা লোয়নবা মেমেন্টো এবার্ড অহুম ফংখ্রে।

হৌজিক ফাওবদা মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি ঃ (১) নিংলাকসন মঙ্গোর (শৈরেং), জুন, ১৯৭৯ (২) হোঙলে শক্তম অদুগী (শৈরে.), দিসেম্বর, ১৯৮২ (৩) লোইশিন্দ্রবা বারী (বারীমচা), এপ্রিল, ১৯৮৩ (৪) Carpentry Workshop Book I (Eng.) 10th May, 1985 (৫) লৈবগে কদায়দা (শৈরেং), ২১ নবেম্বর, ২০০৪ (৬) মচু-মচুগী সংসার (বারী মচা), ১ সেপ্তেম্বর, ২০০৫, (৭) কাউঙম্নরোইদনা (লমকোয় বারী), ২০ ওগষ্ট, ২০০৬ (৮) খুদোলদুগী চৈনাখোল (বারী মচা), ৩১ মার্চ, ২০০৭ (৯) মণিপুরগী থবানমিচাক খরা (পুন্সি বারী), ৩০ সেপ্তেম্বর, ২০০৮ (১০) লাক্লবদা জুন ১৮ (শৈরেং, খোমজিনবা), ২০০৫ (১১) মতমগী ঈশৈ (ঈশৈ মযেক, খোমজিনবা), ২০০৭ (১২) মতমগী খোন্থাং, (বারী মচা, খোমজিনবা), ২০০৭ (১৩) লৈবাক নীংবা ঈশৈ (ঈশৈ মযেক, খোমজিনবা), ২০০৮ (১৪) খুনগংলবা লীক্লু পরেং (বারী মচা, খোমজিনবা), ২০০৮ (১৫) খোঙ্গুল লিক্রম (শৈরেং, খোমজিনবা), ২০০৯ (১৬) ফিজং অনগী মক্মদা (শৈরেং), ২০০৯ অসিনচিংবনি।

সেংনংঃ ১০ দগী ১৫ ফাওবা লাইরিকশিংদি খোমজিন্দুনা ফোঙবদা শৈরেং, বারী মচা অমসুং ঈশৈ মযেকশিং য়াওখিবগীদমক চন্নতা পঞ্জখিবনি, লনাইদি নত্তে।

পারিশর